# CHHO CHABOON

A Collection of Manipuri Poems

By Saratchand Thiyam

P S Publication, Manipur

1989.



অহাম্বা ফোঙবা : দিসেম্বর, ১৯৮৯

অফোঙবা : ধনেশ্বরী প্রেস ইমপ্রোযিজ থুংযন্না পি, এস পব্লিকেসনগীদমক ৪শুবা খুদোল ওইনা ফোঙজবা।



নম্বা : ধনেশ্বরী প্রেস, সগোলবন্দ ইম্ফাল

মথুম য়েকপা : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

ব্লোক শাবা : লিটল ইন্দস্ত্রিজ সগোলবন্দ

মমল : লুপা ১৫/- (লুপা তরামঙা)

অতৈবগী ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিক

তেঙ্গালি কারবা পোদোন (১৯৮০)

মখোয়দা

হিংববুদি হিংলিবা

শিরবনি হায়নদি লৌবিরবা

তশেংনা শিরবরা হায়বদি ঙমদবা

মখোয়গী পিক্ক থরায় মচাশিংহ্দা

থোনা অমত্তং লাকত্রা খন্দুনা

শিন্নজরি

## ৱাহৈ খরা

মচোয় মচোয় ইচাই চায়ন্থনা লৈরবা ঐগী শৈরেংশিংবু পুল্লপ খোমজিল্লগা লাইৱিক অমা ওইনা ফোঙদোক্লবা অচৌবা থৌদাং য়াবিরিবা পিঃ এসঃ পব্লিকেসন, মণিপুরবু তৌবিমল খঙবা উৎচবি। মণিপুর মনুংগী অমসুং মপানগী লমশিংদা ফোঙবা তোঙান তোঙাম্বা চেফোঙশিংদা ফোংথ্রবা, এন্থোলোজিশিংদা, সোভেনিরশিংদা যাওথ্রবা, আকাশবানী ইম্ফালদা পাথোকথ্রবা, কবি সম্মেলন কযাদা খিথ্রবা শৈরেং কযা নোংহৌনা অমুক যেংজরগা মমিং হোংদোক হোংজিন তৌবা খবা যাও, থিমদি কায়হন্দনা ৱাহৈ ৱাতা পরেংনচিংবা খবা শেমদোক শেমজিন লৌথোক লৌশিন তৌবগা অমদি অনৌবা শৈরেং খরা যাওহন্দুনা শৈরেংশিংগী খোমজিন্বা লাইৱিক অমা পুথোকপা ঙমহনবীবা অসিগীদমক মুৱি লৈনবা খুদিংমকপুম্বু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল
৭ | ১২ | ৮৯

শরতচান্দ থিয়াম

# পি, এস, পল্লিকেসনগী ফোংগ্রবা লাইরিকশিং

১। শৈরাংজাবে শৈরেংশে (১৯৮৬)

( শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক )

অইবা : পুষ্পমচা শরত খুমন

২। ক্ষেন চিংশিল্লক্লিব লৈই (১৯৮৮)

( শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক )

অইবা : লগোলসেম জনমেজয়বা মীতৈ

৩। ট্রানসিস্টর রিসিভর (১৯৮৯)

( রেডিও শেম্বা অমসুং শানবা তাকপা লাইরিক )

অইবা : চনম্বম প্রকাশচন্দ্র সিংহ

---

অঙ্গুবা মতমদা পুথোক্লগদবা

"কালোভ্রমর"

( অহাম্বা অমসুং অনিস্নুবা শরুক )

অনিস্নুবা থুংনম

হন্দোকপা : রাজেন চোংথাম

## য়াওরিবা শৈরেংশিং

———

# থম্মোয়সিনা মকশিল্লক্তি্রৈঙে

অথাপ্পদা উম্বিবা অতিয়াগা শম্নবোই নিংলিবা
তুমতক তৌবা চিংদোলসিংনা পরেং, পরেং লেপ্পিবা
অচান মীরান নাইদনা ওইরিবা মরুপ্নোই
অমুবা লৈচিল
অঙৌবা লৈচিল।
করিগুম্বদা থম্মোয় পিকপা কয়'মনা য়েংথিনরকপদা
চুমথাংগী লিরুংনা মরক থৎনা পিরিবা অশেংবা পাওথুম
ঐদি চৎনিংই, খঙনিংই মফমচুগী চৎনরোল
ঐদি চৎনিংই
ঐদি চৎলুখিনি
পিক্তকপা অমা, ফম্বদং চল্লমু খাংপোক অমদি
শাগৎচনিংই
শাগৎচনিংই থম্মোয়সিনা মকশিল্লক্রিরৈঙে।
থাশিগী থেংলবা অহিং কয়া মম্বনা শকচু উম্নত্রম্মু
তন্দনগী মৈঙান্দা শকনিংই ঙৈশৈ
মুর য়াওত্রম্মু খোঞ্জেল খোক্রুম্মু
মুংঙাইবগী ইখিলনা ফোংদোকনিংই পুক্লিংব্রাসে
অচুগা
থানিল্লগী থাবলনা লুপা মচুগুম ফিঙৌ ফৌবদা
শুমহৎলবা তাম্নাগী মুংশি খোঞ্জেল্লক্তা
ঐগী আশানা ময়োন চোংহনা মচুদা পেঞ্জবা

থম্মোয়পুবা ওমদ থুমহৎখিত্নুা মুংঙাইবন্থুগী
মঙলান কয়াদা তাওকরগা থোক্লকপা মিকপ
ঐদি চৎনিংই
ঐদি লৈনিংই
ইথুংনা শাজবা খাংপোক'মদা
থম্মোয়সিনা মকশিল্লক্লিঙৈ।
নুমিদাংরাইরমগী অমম অঙান চাইনরমদাই
অতিয়াগী নোংজাবী শঙ্গু শঙ্গুনা কৌরিবা খুৎলাম ভোইনা
থম্মোয় চাক্লা কপ্লিবা নোঙ্গৌবীদা,
উরোক শঙ্গু শঙ্গুনা উৎলিবা তথক্লবা শাথেক
উনা রানানা লোম্বোক্তবগুম তুমিন তুমিন
লিরি শিংপ মালংনা কাযহৌবদ লেংনিংদ লেংলকপা
কোনাগী জাগাইদ। লৌরিগী পংতিনা খাজিল্লিবা হেন্দোকহন্নিংদবনা
তশেংনা তিন্নজনিংই
তশেংনা লোয়নজনিংই
তশেংনা খোংশাননিংলকই
থম্মোযসিনা লৌথুপ কৌকাযরক্লিঙৈ।
শাসন্নু শানিংবমখৈ নুংশ। হাযবদো কালেন হায়বত্নুগী
খাংবত্নুনি পাম্লিবা খাংপোকনুংত্নুদা,
লাকসন্নু লিন কাং শামিন্নগ জগোইত্নুম
তমহৌগে শাথেক্তু লেংৎেপা থেকনৌবা মখোযগী।
অত্নুগা
লাক্লবস্থ নিংথমথাত্নুনা
নৈহৎলরবস্থ উনা রানা উনগী মপৈ মপৈনা
রাবত্নুনি পাম্লিবা হকথেংননা থম্মোয়দা
মুজাগী নাপদা ঙাল্লিবা নায়িন কল্লকচবদো ঐনা
খাংখিবনি মৈশা ওইননবা মঙং লাবা অমা

ঐস্থু খংনিংই
ঐস্থু ওইনিংই
অতুনা
ঐদি চৎনিংই মফমত্তুদা
ইথুৎনা শাজবা খাংপোক'মদা,
লৈনিংই লৈতানা
থম্মোয়সিনা মকশিল্লক্লিদৈ।

ইম্ফাল
১।১।৮১

## হয়েংগীদমক

ঙসিগী অঙাং
হয়েংগী লন্নি জাতিগী
ঙসিগী থিকাগী থবক
হয়েংদি লৌখ্রনি আকাশ বিল
ঙসি চনখিবা চেকপল
হয়েংদি নিংথাইরনি
ঙসি শাখিবা য়ুম
হয়েং উগনি চেকখাযবা
ঙসি শেমখিবা লম্বী থোং
হয়েং তাগনি একসিদেন্ট
ঙসি তৌখিবা সপপ্লাই
হয়েং খঙগনি সেকেণ্ড হেন্দ
ঙসিগী নহারোল
হয়েংগী যুম্বীনি জাতিগী।
ঙসিগী সরকার
হয়েংগী চৈফম্নি
ঙসি ওপোজিসনগী খোল্লাও
হয়েংগী খুদোংচাবা লৌবনি
ঙসি স্ত্রাইক্কী লুচিংবা
হয়েং ফংলনি কান্নবা মহাক্কুং
ঙসি ফজনম্বা মায়থোং

হয়েংদি য়েংব য়াররোই
ঙসি শাৎচবী লৈরাং
হয়েং কেল্লনি লৈমায়দা
ঙসি ঙইহ্নিবা চাকনিবা
হয়েং ওইরক্রা নিংথৌ ?
ঙসি ফংথিবা অশেংবা পোৎ
হয়েং ওইরমগক্রা অশেংবা ?
ঙসি অহিং তুমজবা তুকান্দার
হয়েং উগনি পোৎয়ান
ঙসি পূক ফরিঙৈ
হয়েং মুমদাংবনা কৈনারনি
ঙসি মহাজন শাবিঙৈ
হয়েং উগনি চাক্লাম খোঙচৎ
ঙসি আশা তৌরিবা মচা
হয়েং হাৎলনি মমা মপা
ঙসি শারিবা নিউক্লিয়ার বোম
হয়েং য়োৎশ্রনি পৃথিবী
ঙসি ঙসি হৌশ্রগা
হয়েং হয়েং লাক্কনি
ঙসি পোকপা মীওইবা
হয়েং শিগনি কাওফদে।

ইস্ফাই
১১ | ১ | ৮১

# থৱানমিচাক্না পৃথিবীবু লক্লে

লৈনা লৈনা তারকই
উরু উরু উংলক্নুনা
থৱানমিচাক মথিন্থ মালেমথকসিদা।
পৃথিবীনা শাওই
পৃথিবীনা কপই।
রাঙাং খুদিং
পলেমগী খোম্লাং লমন
লমন লমন লমন
খুৎনা তুংদা চিম্ন মাংদা
শিবা ঙাইনা হিংবা
পৃথিবীগী মপারী মমোম ঙাক্তনি।
থৱানমিচাক ময়াম হৌনহুনা
পিরক্লিবা ইকায়বহুগী ওন্ন তৈনবদা
থৱানমিচাক মথি উন্নবদি মীওইবনা
থবক্ক মঙ্গল ওইদে হায়হুনা
মতম মাংতন্বা ঙন্নি
থবক সুদনা মুংঙাইথোক্লি।
কিস্থদোরবা খাংপোক্তুগী মথক্তা তোংহুনা
নিঙাইদনা হৌদোং মমা মচাহুনা
করিগী থৱানমিচাক মশিং খিরিবা
অহিং মিৎশেন খাংহুনা!
অবুক চার মুমিদাং হেন

সুমিদাং চায় অয়ুক হেন্থী
চাক্কনিবী মমা মচাহুনা
শেগাইর খাংপোকম্নুংহুদা
হয়েংগী করি খন্দুনা
ওসিগী অহিংসিদা নাখোকলিবা?
ঋতুগী খোঙচৎনা অপম্বা পিত্রবা
অরা অনা মিকপ খোঙ্গেন তাত্রবা
স্বর্গদগীসু হেল্লবা য়ুমজাওতুগী
মোন্তেক মোন্দুম মরক্তুদা অহিং খুদিং
করিগী মমিৎ উইশিন্বা য়াদ্রিবা
শেঙ্গাও পায়বা মখোয়শিংহুনা?
অহিংদা খোকপা থরানমিচাকশিংনা উই
পৃথিবীগী শক্তম
পৃথিবীগী মওং
তাই রারী কয়া
পৃথিবীগী রারী
পৃথিবীগী ঈ—পাউ
থরানমিচাক্না খওই পৃথিবীদি মোৎলি
পৃথিবীদদি অকম্বনা অশোম্ববু তুহৎলি
পৃথিবীদদি অমনা অমবু সুপ্পম তৌনবা হোৎনৈ।
থরানমিচাক্না হন্থনা খল্লি পৃথিবীবু
থরানমিচাক্না পৃথিনীবু লৈক্লে
থরানমিচাকশিংনা করেম্নহুনা
থাদরকই পৃথিবী তম্না
থরানমিচাক মথিশিংহু
থুংলৈ অকনব সাফুগা লোয়ননা
পীরৈ কাওওমদবা চেনা।

ইম্ফাল
২০।২।৮১

# সনা মতুম

সোথনা হিংলিবা
সংসারগী ঈচেলসিদা
সনা মচেৎমত্তসু
শিজবা ঙমজত্রবা
সমাজনা খোঙ্গাওনববীছুনা
স্বরদো হোঙ্খি নে ত্তানা
সনা মতুম অমা ফংজবগী
শরু শোম ঈশৈনা
সন্মান উৎপা খোল্লাওনা
শাগৈ শলাই নিল্লবদা।
সুকথরম্বা মায়খোংদো
শোগৎচখি খুৎ মোনখাংননা
শল্লাংশিংদো ইফা 'ফারবা
সুপ্না পুনশিনখি তুংবুন্না
শোল্লি শোল্লি হৌগৎ
শংত্রিক য়েং সুংশিনা
শিন্থরগা নিংলু পিরাং
শাংলবা থুত্তুনা কংলবা
সুপকোন কোন শোঙ্খি
সনা মতুম ইমাগী সনা মতুম।

ইম্ফাল
২৭।২।৮১

# মখোয় ঙম্মা ৱারি

কৈশুমশংগী ৱাংনা খাগৎলিবা চেকপলদা নম্লিবা
মিংশেল মচেৎ মচেৎ থরক্লুনা অহিংদা কম্লি
করিগী থম্বিরিবা চেকপলসিগী হেক মথক্তা ?
মখোয়না হায মখোয় লোয়না লান্দে
যেংউ হায লেপ্তুনা নোংমা
হুমিৎকী মশেক মঙাল্লা য়ৈবদা
উগনি হায় মিংশেল মচেৎখরদগী থক্তোরকপা মঙাল
অমত্তসু চেন্দবা অমকপা থম্মোয় ।
অমুক কম্লি উপায় লৈত্র মখোয়না
অকম্বগী পুমসুপ্তুদা ।
মখোযনা ৱাজৈ নোং মংলকপদা
অকুৎপা লৈমাযদা তুংলগনি থন্দুনা ঈশিং
অমুকসু কপকদোরিবা ঈশিংহুনা তুংহুনা লৈবগী
অমুকসু য়াকৎ ঈচেল ওইনিংবগী
করিগীনো পিবিদ্রিবা খোংলম'মত্তং চেঞ্জনবা ?
ঈচেলনা পাম্বা থেকোই নাকোইসু অর্থ লেবনি
তিম্থোক লিলসু থঙবনি অর্থ থেকোই নাকোইগী ।
লশিং মফোলসু কোযপায় পাইবনি
তেল্লা পাইবা মপালসু হেবনি পাইবা
অহুবু অর্থ মান্নদে খোঙচৎ তিন্নদে ।
মান্নহন্নবা হোৎনরিবা
অকম্ব ভস্মপ্পাশিংগীদমক
মখোয় ঙম্মা ৱারি ।

ইম্ফাল
৫ । ৭ । ৮১

# মসিনা মপেল্লে

চাওথ্রবা হকচাংস্থুদা মীস্তুগী, তোগে মতাংশুম তৌগ্রিবরা
পিক্রবা ময়াম্থুনা কম্না ককচেংথুনা শিরসমু খন্নরা
চিকখি ওম্বমথৈ, খণ্ডদবজাংলা করি ওইনি
মকোন থুগাইবীবৈ থুল্লং লমম্নি, পেল্লবজাংলা মসিনা
মহাকস্থু জীবনি থরাইপাম্বা, খম্বজাংলা লাকচ য়াদ্রে
খওনা খওনা চিক্রবস্থু কিদবজাংলা শিবা
খওদে করি রাখলনো জীবত্থগী, খওনিংই অনিংবদো।
চিক্লবজাংনি শিরবস্থু থম্না, করি তোংজরিবা শিরগদি
চিক্লমদনা চংথ্রবস্থু করিগুম্বা খন্নজাংলা করি হায়নহৌনি
চিকশিল্লকপগী চৈনাথু কোক্লবা খমখি মীথুনা মাবু থুবাকথক
পেং মেংথাইখি ক্ষোকলাওখি, উখিদে শকককমদি অরাবগী
হায়খিবগুমস্থু তৌখি থোনা ফনা—মসিনা মপল্লে।

ইম্ফাল
২৮।৭।৮১



শো চমুন

# খেন্নবা মরুকসিদা

কংলবা থুৎশাত্তুনা য়াঙ্গংলবা হকচাংত্তুদা
করি আশাগী করম্বা ইনোৎকীদমক
তান্নবা চেঙশিংদো উফুল্লক্তা
করিগী থুন্দুনা মচিঞ্জাক ওইনবিবা ?
যাঙ্গংলবী হকচাংত্তুদা মল্লবা ইন্নফি থোংত্তুনা
করিগী শিন্থন্নিবা মিৎলু পিরাং
লোম্থোক্রুবা নুংগী মুত্তিত্নগী মাংদা ?
খোংদাই চরৈফাওবা থুংফাক্রুবদা হকচাংকুপ্পা
করম্বা পাঙ্গল হাপ্লকখিনি খ্বাংচেৎমচি লাংলুবগী ?
হিংবগী মিংদা হিংলিবা পুন্সিশিংলা ?
অহিংবা মরক্তা অহিংবগী লৈফম লৈত্রবা
মী মীগী মরক্তা মী ওইনা উনদ্রবা
করিবু খন্দুনা কনাগীদমক হিংগদোরিবা ?
নুংগী যুগকী মীনা ঈ থকই
শেৎ শেত্তুনা চাই শাদোং কয়া
হিংনা চাই। হিংনা শায়।
হিংশায় শায। হিংচা য়াইতম্বা কৌই।
তমথিবত্তুনা কিনৈ, অহুবু নিংতম্মী।

ইম্ফাল
২১ | ১১ | ৮১

# মচেৎ

মচেৎ তায় মচেৎ মচেৎ মচেৎ
মুর্তিহু কায় মচেৎ তানা
উনা লেংই মুংশিং শিংপগীরা
নত্রগা থেংবগীরা মচেত্তুনা মুত্তিহুগী।
শকক্কম হোংই তেল্লবা মিকুপ্নি
অহুবু চুম্মি পরিংদা শেম্বাং তোংই
অহুম হায়নৈ পুম্মিনি তিহেলৌ মরু
মকু অমা মথং মকু অমা।
লংহুম শিবা অঙাংহু হৈনানি
কু কুগী খুৎনি পলেম ওইবীগী
মখুৎ য়াওবা অঙাংগী মখুত্তা
চোইজাইখিবনি পলেমগী শোল্লবা উরিক
শেন্নহৌত্রবা মিকুপ্তা খুগাইখিবনি
মুত্তি কয়া মশিং থংদ।
লেপ্তুনা শিন্নখি পি হন্নবা হন্নবী
খুইরবা মখুত্তুনা শমজিনজৈ তপ্না
মুর্তিহু কায়রবা মুর্তিহু তেক্লবা
যাদে শেমজনবা ওইদে হান্নগুম
মচেৎ তায় মচেৎ মচেৎ মচেৎ
মুর্তিহু কায় মচেৎ তানা।

ইম্ফাল
৭।১।৮২

# অরোইবা

অরোইবা শক্তম্নি য়েক্লিবা খূৎসিনা
তকশিল্লম্মু শমক্র'মগা—অমখক ওইরবস্মু
পুন্সিদি মমল লৈ
মীনা মীবুদি পুন্সিনি খন্বীদে খওই
তিনশিম্বগী মহুৎ পুরিখিবনি তেন্নবা
মহুনা হেন্না চাউখৎখি ফলদি
ঙকক্ম থোক্তবদা ঙকপনি।
কপ্পা নোকপা রাবা মুংঙাইবা
পুন্সিগী লৈতেংনি
ওইরবদি শক্তমসিনা অরোইবা
শিন্থহল্লু নত্রা পিগী ঈচেল লেপ্তনা ?
হংলবদি করিহন্বা
ওইরবরা পিনা পুন্সিগী অরোইবা—
লৈরবরা পাউখুম পিনবা ?

ইম্ফাল
১৮।২।৮২

# হৌগ্রবদা

শেং শেত্তুনা চাবা ঙাকনি
হায়বনি শোম্বনি চিম্বাত্তদা ঐখোয়
ঐদি হায়বনি তাবিদবদগী থোকপা
নংস্থু য়াবমি তৌশিন্নবদগী ওইবা।
লানফম লানফম পুন্সিগী লানফম
ঐদি হায়ব্রা মায়থিগনি থঙবদো
লমজেন য়াংগ্রবা কনাবু তান্নরুব্বা
ঙমখিদে নত্রা ইদোম শোখ্নহৌবা।
কল্লকচৈ ঐনা মখোয়দো লমজেল যাংবা
অত্থবু লাম্হেংনরুই থম্বদনা অফ ফত্তা
য়াংল লাঙ্গোই শগোল থৌত্তুনা
ইকায় ইকি য়াংমা লান্না
তাখি উখি নং নখোয় মখোয় ঙম্মক
লাওখি নত্রা নোক্ক মীচৈ:
"শগোলতোংবা থিনেৎপা ইরোইতোংবা লুবাওবা'
পি শিম্হে হায়ফম থংদে করিনো
লাক্রমোই পুন্সিদি নৌহৌনা।

ইম্ফাল
২৪ | ৩ | ৮২


শো. চন্দ্র

# অমুক্তদি তাসি

কৌথিসি মহাক্তু অহিংবা হল্লবদি মিহুল মচেং মুঙং
ফমসেন্নরবা অনাম্বা অহলহু
য়েংহনসিনে সংসারসি
ওমদবদি য়াই থংচবদো নৈয়েংহুনা
উদবস্থ য়াই পিতনা থুমহুংলবা মিংসাহুনা
অহুবু হাযজসি অমুক্তং আত্মাহুদা নোঞ্জহুনা।
নোংমা মাস্থ কপথিবনি উরুরদা পুম্নমক
মৈহাক্তুগী সেবাদো যম্বাঁহুদা শঙ্গোম শম্নমদাইগী।
অহোংবনা থল্লবা থৌদোক য়াথোক
ইলেকট্রিক বল্বতুনা কপ্লিবা স্বিটচ য়াওদনা. ওান্নগী
পাথংচরিবা রার্কিং আরাব লোইখিগক্রা থন্দুনা
চিঞ্জাক ফংদবগী ওাওরিবা কাং মপৈনা
ইসক্রিন্দা তারিবা ফিলম স্তারশিংগী নোম্ন পেল্লবা মমিদা
তোংহুনা চিক্লিবা কল্লক পেল্লা
উরগা পুম্নমক মহাক্রা
করি হায়রকপগে অমুক্তদি তাসি।

ইম্ফাল
১৮ | ৫ | ৮২

# নিংশিংলকপদা

লোয়না কাওগ্রে
করিম' লৈত্রে কোকসিদা
অমত্তুং ওইরবস্থু লৈননবা
থুবাক্তুগী হেন্দোক্তুনা কম্লাক্কা
ছুইস লাওবা য়াইরিনা।
শান্থখিবনি ওজানা
শাওত্নুনা শাপ তৌখি মতমত্তুদা
হৌজিক্কা কোকপীয়ু হায়ননবা
নোঞ্জবা তারি
লৈ হায়না থাজনরিবা ঈশ্বরদা।
ঈশ্বর হায়বসিনা লৈরম্নবদি
সোইদনা হায়গনি ঐবু
রা অনি ঙাংবা মী।
মী য়ান্নগা রা যান্মী
রা য়াম্নগা খৎনৈ
খংনরগা তোঙান তানৈ
তোঙান তাবশিং লাউনৈ
ইকায়বা খংদে অকামপেৎ ঙাংনৈ।
লোয়না কাওরবা ঐহাক
নিংশিংলকই ওজানা হায়খিবা
মীওইবদি শা মখল অমনি
ওজাশিংদো নুংশিরকই।

ইম্ফাল
৩।৬।৮৩

# থাজবা

পুকচেল তিন্নবা
নুংশিবগী মথাদা শেমখিবা
মাগী মাগী ওইবা
থাজবা অমথক্লা পুনখিবা
কবিগুম্বদা মীনম্বগী তঙাইফদবনা
কনাবু পাংদবা তাহন্বা
মী মরকসিদা মীনা পাংথোক্লি।
য়ু থকচিল্লগা নুপাহুন
অকন্বা ঊংলি
যুরগা কাওরগা মাগী নুপীদা
খাংবা ঙমদবগী মিংদা
চংখি শেরান্নবা নুপীহু।
চিংনবগী তানফমদা
নোংশা কৈগুম তমথিরকুনা
নুংশিবগী থাজবগী লিপুন
ককথংলি মতং মতং
তোখায় তোখায তাহল্লি
থাজদবসিম্নু অরাবনি।
য়ুম্বাল্লবী নুপী
মমিং যাম্লুবনা
অতোপ্পগী ঈনা হুনখ্রবা মক
মপুরোইবগীনি হায়ননবা

তোয়না কাইছোবী
করিস্থ মিহৌজবা মপুরোইবত্বদা
মীকুপ অমথক্লা মৱাল কুপসিন্নবা।
করিস্থ খওজদবা মপুরোইবত্বনা
হয়াওনা শেল্লজৈ মপোৎকুম
কয়াদা কনগ্লবা সুপীগী থম্মোয়
লোৎলগে থম্না লোৎখ্রবদা
করম্না লেপ্লুগনি থাজবগী রাংমদা?
থাজবা নংস্থ কনমল্লি
নংনা ওম্নমক্কী মথুং তেনহল্লি।
উপায় লৈহন্দে
পাঙ্গল থোকহন্দে।

ইম্ফাল
৩১।১২।৮৩

## শম্বন

ফজরম্বনি হেক মহায়নৈ নৌরিডৈত্তুনম্মু ওইরম্মি
মচু মচু ইপক পকচৈ উরগম্মু মশোল্লখিবনি
মল্লগদি লংথোকপীরে ইচায় চায়রে চোইজাইনরে
অহম্বনা ওল্লে অমম্বা খোইদাবীদ্রে কনানা
হুমদোকপীবে মালংবনা ওল্লা থোইরে লৈতজাইথক
মুংশিন্থনা মহাক্না থুনগীৎপরে নৌনা অমুক
উবদা মহাকপু লক্লবীরে অঙাওবা অঙাওবা
থাবীরে শম্বন থম্বীরে ব্রাংমদা চৎনরোলনা তাইবংগী

ইম্ফাল
২৮ | ৭ | ৮১

# কায়নথংদা

উপালহুদা উরিহুনা
থম্লগা হিংবগী আশা
হিংত্তি
হিংলম্মী
কাৱকই লৈনা লৈনা
উরু উরু য়েং উপালহুদা।
থল্লি
থল্লম্মী
অহেন্বা অমা আহন্বা অমত্তং
হৌরিবা খিবিক্তুদগী।
তপ্না
তপ্না অতিযা তম্না
থাংগৎলকই
মঙক্তু ৱাংনা
মমিত্তু কোয়ৱাওন
থওইদ কল্ল মুংশিং
থল্লুদ য়াক্ল মুংশা।
খনখি
ফজবোইদং মুংঙাইবদং
ৱাখল অদো
মঙলান অদো
থুগাইরকখি তপ্না তপ্না

য়াক্ল মুংশাগী মৈশাদা থুইথরকখি
কল্ল মালংগী শত্থয়া হন্দোকপীরকখি
য়েৎচরিবা উপালহুদগী
লুকথরকখি লৈমায়রোমদা
উরকই য়েংহৈত্রবা কয়া।

ইম্ফাল
১৮ | ৮ | ৮৪

# য়াথং

অচৌবগী যাথং
ইন্দবা য়াদে মচানা।
মী মরক্তা
খাইদোকই অচৌবা মচা
মীনা শেম্বা নিয়ম্মি
অচৌবগী যাথং
মচানা ইনগ্নদবনি।
মীনা শেম্বা নিয়মসু
মীনা ইন্দ্রবদি
কনা লাক্লুনা ইনবীগনি?
মীনা পুথোকপা চৎনবী
মীনা ভাক্লা চৎপা তাই।

ইম্ফাল
৯।৩।৮৫

## থাজদনা থুংলরবদা

(১৯৮৪ ইংদা ভোপাল গ্যাস খোদোক্তা শোইনায়রবা অমগী)

থাজদনা থুংলরবা ফিভমসিদা ঐগী
ওন্নমক কায়হল্লে নিংজরম্বা,
নংনা থম্মোয শোক্লা 'কপথি খম্বদা
নংগী বাবাগী, নচেগী, ননাওগী
চৎনবীনা পীরমই পোৎলুম
অউনপোৎকী খম্বদা নিঙোল পোকপগী
লাইবক্কা থুগা শম্নহৌই নংগী বাবা।
মতমদুদা নং-ঐ য়ারেপ লৌমিন্নখি
থেংনগনি মায়োক্তা অউনপোৎকী
অত্থুবু ওসিদি মওম শানখিগদবা
নংম্বু থুম্মুনে ঐতবু হায়হনগনু।
নৌনা খোংদাবগদৌবিবা মালেমদা
মাগীদমক পারী নত্রগা ঈমোম ওইহন্নিংবগী
অপাম্বা লাংতক্লবা লৈতে ঐঙোন্দা
লৌবিবনি চপ মান্নবা ঐঙোন্দদি।
পোত্থাফম খংদনা য়ারিবদি ঐনা
মিৎকী মনি উবা ফংলরোই
মমা মচাগী লৈনরিবা হকচিন্বা লুংশিবা
নংগী তমপাক্তা অঙাং নারানা হিপ্লহুনা
খোম্মাং পেন্না থকপহু উববোই।

কয়াদা লাইবক থিরবা মপোক্সা
নংস্থু হায়য়ুনে ঐতবু ঙাংহনগন্থু।
পুন্সিসে মতমগী ঈচেলনা চেস্থবীরি
অহোংবা অমদগী অহো'বা অমা
করি ওইরক্কনি হায়বা ঙম্প্রনে কনানা
হৌংবা হাযবসিমদি সোইক্রে
করি তৌরে খূমত্রবদি?
( থুংনা নাল্লুই মাগী মায়থোংদা )
নহাক তশেংনা কপ্লবরা
অশাবা পিনি থম্মোযন্নুংদগী চেস্থোরকপা
পোকখাইগদৌরবা মৈগী চীংহম্বত্নুদগী
অত্নবু নহাক খাংবা ঙম্বা তাই
মত্নদতা ঐহাক হিংগদৌরিবনি।

ইম্ফাল
৭।৫।৮৫

# উরোক থোং

অমম্বা অহিংনা লাঙ্গোয় চনখিত্বনা
শক চু উনত্রবা মতমত্তুদা
মৈ নিক্লবী হন্নুবী অমা মদোম তবক কপ্লত্বনা
লেপহৌই কৱিগীনো খংদ
পিক্ল উরোক থোংথোংত্বুদা।
পুন্সিগা সংসারগা লৈনবিবা মরী
তেংলদরা লাল্লবদা উরোক থোংসি
অত্বু পুন্সি অমা হিংহন্নবা সংসারসিদা
খোঞ্জেল তানা সকখি নাওশুম ঈশৈ।
অঙাং নাত্না ওইবিদৈ
তাইবঙ মীরোল খঙত্রিদৈ
পলেম ওইবীশিংনা শৈশকখি
থূদেংথক্কে পমত্বুনা শান্নখি
"তিং তিং চাওবো
থবীনা কাবিদৈ কাহৌবো
মুমিৎনা রাংলিদৈ রাংহৌবো।"
শামা হবচাং শারেপ ফারক্লুনা
পাঙ্গল থোনা ঙম্না লৈরক্লুনা
মকপ মপাং তিন্ন উন্নদৈদা
লম্বা থিবকখি পাঙ্গল চাংযে নিংবনা
'শে শে শেবোতি
লাইশ্রম মচা বোবোতি

নংগা ঐগা কাওনসি
কনানা ঙমগে য়েংনসি।"
পুন্সিগা পুন্সিগা লাম্মেংনখি
অকন্বা অশোন্বা থোরকখি
পুন্সি লিলা মপুং ফারকখি।
লেপ্তুবা মতমগী খোঙচৎনা পুবিখি
পুন্সিগী তাংকক অমদগী তাংকক অমদা
মতম অমদা কল্লক্করস্বা ফিবম মূর্ত্তি
পুন্নমক লৈতেংলকখি য়েংনিংদবা শকন্না।
তেল্লবা পুন্সিগী মীকুপশিংদা হোংখ্রিবশিং
কনানদি খল্লকই মীকুপমত্তং ?
অতুবু পুন্নমক্কী থুংলগদবা শকক্লি খঙনা খঙনা
করিগী অমুক হৌগৎলকপা অঙাংশিংনা
অমত্তা ওইবা খোঞ্জেন্দা লাওরিবা
"নোং ও চুরো হন্নুবা হন্নুবী তাওথরো"
খোঞ্জেলসিদরা খোল্লাওসিদরা
থোংখোংদুদা কপল্লিবদু হন্নুবীদুনা ?
সংসারগী লম্বীদা গাডি চাকাগুম উংলিবা
পুন্সিগী তেল্ল' খোঙচৎসিদা
পুন্সিনা পুন্সিগীদমক হিংখিবশিংদুনা
কযাদি লাযনা লাম্হোকখিবা উবোক থোংদু
মসিদবা মসিবু উবদরা
থোংখোংদুদা কপ্লিবদু হন্নুবীদুনা ?
পিক্র উরোক থোং মচাদু লাম্হোক্লবা লাক্লিবা
লান্দবদি য়াত্রবা নমদুনা
পাপ চেনবা মশাগীতা খল্লশিং
লানঙমদদুনা কল্লাক নিক্লিবা মখোয়গীদমক
রাবীদুনা তেংথারিবরা হন্নুবীদুনা ?

ইম্ফাল
৩১।৭।৮৫

# লমদম অমা

চীংনা কোইনা পনশাইদো
চীংমীনা কোইনা পনঙাকইদো
ৱাত্ত পাদ মক্ষমনি হাযনৈদো।
খুৎকন পাঙ্গল্লম্মী
অচুম্বা চৎলম্মী
ৱাশক ঙাকলম্মী
মীথা পোম্বা হৈবমদে
শামাই লৈচ্চুনা চেল্লমদে
চংজৱকপদা খুৎ থাবমদে।
লমচৎ শাজৎ ফজরম্মী হাযনৈ
ফিজৎ চাকচেৎ নিংথিৱম্মী হায়নৈ
চাকচা যুথক নাইৱম্মী হাযনৈ।
অথোবা মপাবী মমোম পোকখি
মরৈবাক মজাতিগীদমক মথ্বাই কৎখি
লমাহন্বা মপারা মমোমস্থ শাৎখি
ৱাযেন কাটিনা বিচার তৌখি।
লাইরৈবাক্লি হাযনখি
অভাবনা কল্লরখি
থুংলবনা লৈশিনখি।
চাবা থকপা ৱাৎলমদবা মক্ষমনি
ফনা যাম্না চাওরম্বা লমদম্নি
ফনা যাম্না পীকশিল্লে
ফনা যাম্না হোংলে।

ইম্ফাল
২।৮।৮৫

# ওল্লে

খোঙচৎ হোংলে তাইওল্লয়ে
পুন্সি মাস্রে তমথিনয়ে
মমিং হোংলে খঙনদয়ে ।

ছুই হৌদোংদি মুংশিনয়ক্লে
লৈরাং খোয়মুদি খৎনয়ক্লে
অহিংদা মুমিৎসু থোরক্লে।

ঈচেল্লনা ঈপাক্তা তিল্লদয়ে
অঙাংনা মপু শারয়ে
অহল্লা নিঙাই তৌরয়ে।

লৈবাক্তা শাবা যন মো খোংলে
ফিনা শাবা লাইফদিবী রাঙাংলে
উনা শাবা লাই চৎলে।

ইম্ফাল
৯ | ৭ | ৮৫

# লৈফম হোংবদা

নাপীশিংতনা ইশং শংনা শন্দোকখ্রিবা
লৈ'তম মান্নরবা চীংযাগী লমহাং
মচি মচিদা উজ্জাও উপীক্কি লৈতেং
যেংবগী পেন্নাইদ্রবা লমহাংসিদা
পুবকই
যন্দু অশিবা
শাফবা অনিনা।
হুন্দোক্লম্মী লমতা'সিদা
যেংলমদে হন্না তুমিন মচৎখি ।
খোংগৎলকই উচেকশিং
চেক চেক যা যা
খন্নৈ খল্লি খস্থে
হাওবা নত্রগা হাওতবা চিঙ্গাক্কীদমক
কোইচোং চোংই
উশা'মদগী উশা'মদা
লাংলিঙৈ নুমিৎ মযুম চংখিবা খঙহৌদে।
থব্রানমিচাক থোরকখি
অচিকপস্থ তপ্পা থুংলখি।
তন্দনশিং
মরি মরি মথং মথং
কুফেৎ কাফেৎ যুৎ ফা যুৎ ফা
থুংনরকখি।

ভন্দন অমা যন্দু উখি
স্বাই লাওখি
খংপ্রেক খংখি
মুন্না য়েংখি
মপি শিস্থখি
মদোম হংখি
করিগীনো
মহাক্না অম্বুক নমথিরিবা
শকদা উনতনা কুপ্লিবা
চাযকুংনা অম্বুক চপ্লিবা
মমিৎসিনা অম্বুক কুৎলিবা
অন্থুগা
করিগী চারদ্রিবা
লমহাংসিগী শজিক হানৌশিং
উননবা মমিং উদ্রবজাৎলা
চৎননবা মথোং চক্রবজাৎলা ?
পাওখুম ফংদে
মথন্তা কপচৈ মথন্তা রাজৈ।
হংলকই থরানামিচাক্না অমুক খোঞ্জেল খোক্না
"করিগীনো মহাক্না লাক্লিবা
করিগীনো ওম্পিতা পোত্থাররিবা
মহাক্কী লেফনন্থুদি
চিকপজাৎলা তুমিং কাং
ভুমদবজাৎলা মনেস্নিনা মশা পুম্বা ?"
ভন্দনগী রাহংচুদ।
খুম্বদি খুম্নকই
কপ্লহু্যা থরানমিচাক্
"ত্রৈশ্যু নংগুম হুমিদাংদা খোবপনি।"

ইম্ফাল
১৪ | ১ | ৮৫

# সভা যাত্রা

চাওখ্র চাওখ্রবা যুন্না দলান নিংখাইখ্রে
পিকখ্র পিকখ্রবা লম্বী থোং পাকথোকখ্রে
সুকথা থাজদবা মীনা মকোক ওইখ্রে
পংহোত্তা হোৎনবা মীনা মনিংদা হন্থখ্রে।
লাইবক্তা তাইনবগা
পেন্দ্রগা অমুকস্থ
থুত্তুন্না বক বক সুজিন্নগা
পংকপ্তা কপ্পা নী কাংবু মমা
ন্না ঙাংদবা সভা যাত্রা চৎলি।
মনিংদা মমাংদা
কাপ্পা যাদবা নোংমৈ পাৎবা
সিফাইনা ঙাক শেল্লি।
মপুন্সিদা অনাবা কবিনা থংদ্রিবহুনা
নিংসিনা দ্রাফত ভোবীরবা মেমোরেন্দমস্থ
পীনবা লাকই
লেখাক্তা মপী মপা ওইরিবা অচৌবহুদা।

ইম্ফাল
২৭।২।৮৬

# নংগী খোঙ্গুল

( কবিরত্ন ডাঃ কমলবু নিংশিংহুনা )

নত্তে নংদি লায়েংনবা অনাবতং
ওইদে নংদি স্বপ্নতে অশোন অনাগী
তুশোন নাওশোম্নরবা মৈতৈ সাহিত্য
নংনা লায়েংখি
নংনা হিংগৎহনখি ।
নংদি লময়ান্বনি
নংদি ঈশ্বরনি ।
লাক্রমদ্রবা নংনা ১৮৯৯ ইং লমতা থাদা
শাৎলমদ্রবা নংনা লংথবাল কুঞ্জদা
লেংশিল্লম্লোই ইমা মৈতৈ চন্নু
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মন্নুংদা ।
ইনক নকপদৈ খুৎনা লামজহুনা
নখুৎমক্তা শেমজরম্বা
নখুৎমক্তা লেংজরম্বা
নংগী লৈ পরেং
ঙসিস্নু লৈতেংলি ইমাগী ঙকশমদা ।
নংনা পিবিরম্বা বিশ্ব প্রেমগী বল লংলাহুনা
পুনর্বারি ঐখোয়বু
থম্বীরি চান্ন চিন্ননা ।
নংদি' চৎখ্রে
নংবু পুবিখ্রে

তমথিরবা নোংলৈ অমনা ১৯৩৫ ইংদা
থাদোক্লম্লে মৈতৈ লৈকোল।
লময়াম্বা নংগী শেংল খোঙ্গুলদি
গুসিস্থ তারি মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা।

ইম্ফাল
২১ | ৩ । ৮৬

## লেন্না য়ৈথেকপদা

খাংখোদনা খোংলবী লৈনা
কবিগী তুকথরি
নুংগী থম্মোয় অমদি লৈবদায়
মন্থনরা মউভাক্তা লেপ্লিবা ?
মক ইকোক কোক্লবা
লেপকং কংলবা উজাওফাও হিংলি
আশা অমদা।
সেবা কবা লৈবাকী খন্বতুনা
ফরক্তা উজাওতু থাজিম্বীরমন্থনা
হেক মতাইদা লম্বীগী
মাং তাক্লেদো লম্বী পাকথোরকপদা
বুল দোজরনা নমথু হেক থুদেকপীদা
য়োংনাও মযামন্থ
পংচেন চেন্নখ্রি মীপাইবনা
কদাইদনো খুন্দিন্নরুদোবা
কুইবম্নু যাৱোই
অমুক তানবীরকনি
রিফিযুজিনি হায়বীন্থনা।

ইম্ফাল
১৭ | ৭ ৮৬



শো চবুন

# কুন্নাংবান

মদোম হন্দোক্লম্লবা খুঙ্গংগী
কিম্থদোরবা ফক্লাংহৃদা ইরি
মুৎথয়ক্লবা মযেক্লা
মীয়ামগী সেবা ফংহনবীমু
মীয়ামগী পাখোল্লোয ওইহন্নীমু।
ফক্লাংনা কিম্থনিংলকপগুম
মীয়ামগী সেবাসু মা'খ্রমাল্লে
মীযামগী পা'খানসু কাওখ্রমাল্লে।
খুঙ্গংগী প্রজানা থাগৎখিবা
খুঙ্গংগী প্রজানা শিন্নখিবা
খুঙ্গংগী প্রজাগী অধিকার
পুত্থনা চৎখি মহাক্তুনা
নুংঙাইরবা সহরগী লৈকোলদা।
মাগী মতম লোয়বগা
লাকই অমুক নোঞ্জরৈ মঙক
নিরৈ ভিক্ষা শিন্থশিন্নৈ ঙিরাং
ঙাংলৈ ওইদবা শারৈ লোন্দিল্লবা
থাজহ্থনা প্রজানা
শিন্নখি অমুক মীযামগী হক
লাকতে পাক য়োরাদ নোংমতা
কিজ্জবনা মীযামগী দাবী
তো'জদবনা পাই অমগী মমল।

সহৰগী লৈতেং ওইৰিবা
ৰাং চাওৰবা ফুৰা দলান
কৰিগুম্বদা মথোল অমথক ওইবগী দশা
পুম্নমক উই পুম্নমক থেংনৈ।
মখুৎ চৎলবা লাইয়েকপশিংগী
শুমহৎনা যেক্লবা লাইনা
নিংথিনা ইৰবা ৰাহৈনা
পুক্লিং হুরি অচৎ তাওকশিং।
গুসি ইৰম্বা অঙাংবা মচুগী নিংথিবা
হযেং অমুক অশংবা মচুগী অওনবা
কনানা খঙনি মীওইবগী পুকচেল?
সহব মযোল মতাই
মিৎয়েং থুদিং থেংজিন্নৰুম
পাক্লবা ফক্লাং কয়াদা
অযেকপা চুকপ উপুশিংনা
লৈবীয়ু থকপীয়ু হাযৰি
ইৰি মথাদদি পিক্তক্লা
"চুকপ থকপা হকচাং ফত্তে।"
সহৰগী নিল খোংবা মৰক্তুদা
পাক্তকপা য়ুম অমগী ফক্লাংদা
উৎলি তেঞ্জে মার্কা যেক্তুনা
'লেংশিনবাৰকউ লেম্না লাযেংজৰি।"
অথাপ্পদগী লাকপা মপা মচাহু
চংলুই মাযথোং মকা লাম্না
থোক্লকই পেৰি পেৰি।
শান্নবুং ময়াগী হুকান্দু
ফনা য়াম্না শিংনা উই
মায়াম পুনফম ওই

থেংলম্মী ফক্লাং নাকন অমদা
ইরম্মী অপাকপা চে অমদা
লৈতেংলহুনা রাহৈশিংতু মুক অভাংবনা
"চন্না হেম্বগী স্ত্রাইক চথরি।"
লুমিং থরনি লৈরগা
নপলম্মী অতোপ্পা চে অমা
ইরম্মী শেংফাত্তবা মযেক্না
"স্ত্রাইক সসপেন্দ তৌরে
হয়েংদগী থবক কাবিরো।"
থা খরা হৌখ্রবা তুংদদি
লৈবমদ্রে চুকান্দুস্নু
তারমদ্রে মমি ফাওবা
তকথাইখ্রে হায
এনক্রোচরনি হাযহুনা।
চেংযানফম চুকান পরেংতু
যেংশিন্নৈ ক্রক ক্রক
চুকান অমগী নাল্লবা ফক্লাংদদি
ইরি অচোবা মযেক্না
"অহোংবা মমলদা চেং ফংবীগনি।"
চারা স্নুনা চাক্রবা মস্নু মবেন্দু
শেগাইববা বোরা থাদেু ফোংচিল্লি
তংকদৌরবা থুংপাইফম মবিহু
তংতনবা পুনশিল্লি।
পাইনন্দুনা তুমশিল্লবা চৈগুহুনা
লমজিংলগা লাকই হন্নুর্ব তু
চুকান্দু তম্না হোবে হোবে
চিক্ল চাইন ওমদ্রবা মীরকু ফাওরগা।

থুইরবা মায়থোংহু নোকফেং তৌনা
লৈগে হায়খি অহোংব চেং
থওইদবা মীনোক্কা লক্করক্কনা
থুম্নকই ঢুকান মপুক্নুনা
"অহোংবা চেংদি ঙরাং লোইথোকখ্রে
অতাংবা চেংদা মঙাইরে।"
তপ্না থাংদোরকপা হন্নুবীগী খোংথাংদা
ভুংইন্নবকই চৈশুনা লৈমায়দা স্নুবগী
স্নুমহৎলবা খোঞ্জেন্দু কাক কাক
হন্নুবীগী মিৎলুদগী শিন্নরকপা পিরাংনা
লৈমায়দা হঞ্জিন হঞ্জিন যৈবদি
খোঞ্জেল অমত্তস্নু থোকখিদে।

ইম্ফাল
২৯ | ৭ | ৮৬

## তাইওন্নবা

তাঙ্গোয় ওনদৌরবা নরমদমসিদা
থোংলবী নংগী থোঙয়ানা হুঙ্গং হুন্দা
পুরি নংবু চেংলৌ হেন্নী
চোইথোকলিবা শম্মাং খোমজিন্নংদ
শজিমচাগুম তথকলিবা মিংযেং
ওন্ন তৈনন্নবা পুন্নমক মুপী ওইবী'মগী
লৈকুরম্মু নরমসিদা ইন্নাংনা থল্লবা
চংলসি ঈরমদা শান্তিনা শান্নরিবা
নংবু অমুক্তদি যাওদা।
ঐনা ফনা হায
নংনা লাম্না খল্লি
করি কান্ননি ঈ কংলুরগা
হায়দ হাযকুররবস্নু ফেং লৈথোকখি
নং মঙাইবে নমা লৈবাক মুংশিবা।
নংনা পাম্লিবা নিংতম্বা
অমত্তা থাক্তনা পিরগে হায়রম্নু
নংনা যাদে নথন্তগী নত্তে মহায়দো
নংবু পুত্থুনা চংনিংলিবসিগা
নংনা ঙমত্থুনা লৈহৌগদৌরিবসিগা।

ইম্ফাল
৮।২।৮৭

## ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা নম্বর ফোর চাবা চৎখিবা
চাক লোয়রে
নংবু হল্লকলোগবা
নংগী খরচস্তু লৌররো
ইমানা মীগী মখোং চুপ্পুরগা যংলকপনি
ইচাগীনি হায়রবদি হঙ্গোয়বা লৈত্রবা।

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা য়ু থকপা চৎখিবা
নংস্তু হল্লকলো
লৈতবনা লৈবা শাহুনা
হৈতনা মীরোন ঙাংহুনা
নংনা মহেল্লে খল্লিবা
ইমাগী ইফমদদি অঙাংনিনে নংসে।

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা গঞ্জা থবপা চৎখিবা
হল্লকলো থেঙথ্রনি
থেংলবদি কিবগনি
কিরবদি নুমিৎলা থাব্রা খঙলরোই
ফৈ নিঙ্কুনা ভাবনা দলাল শারিবা
নিংথাইদ্রিঙৈ হল্লকলো।

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা চা থকপা পোনখিবা
পৃথিবীগী ম্রারী লোইদ্রিবরা

ইমাগী রারী য়াওগ্রিবৈঙ
নংবু তন্না হল্লকলো।

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা ওফিসার ওইরিবা অচৌবা
চাক চথোম অমনা চাওরকপরা
নিংথা অমনা কোন্নরকপবা
রাবেদা ইমাদি খাংঙমদ্রে
অশৌবা ঈশিংদা খ্বাং যোরে
মচেৎ মচেৎ ইমাবু যোল্থোকপীবনা
ময়ান তুযান মরকসিদা
ইমাবু ইমা মাল্লিবরা
মীতোপ্পা মপু শাত্বনা
ইমাবু চৎলো তাল্লিবা
নংবু থিংবা ঙমদ্রবরা
নচিন নবৈ পুন্নমক ফোংগ্রবরা বোরাযেক্তুন্না।

ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা তুংগী আশা লৈরিবা
পাঙ্গল থৌনা শিজিন্নরো
রাখল লৌশিং পুথাক্লো
ইমাদি খোজেং যোদোবে
নংবু কৌবা ঙমলোইদোরে
ইমাগী ঈবুংঙো নুংশিবা নুংশিবা।

ইম্ফাল
৯ | ৩ | ৮৭

# কৈদৌঙৈনো হল্লক্কদবা

লাই খুৎশাংবীগী
অশাংবা মখুৎশিংদো ককথৎনবা
থবৎ থবৎ
থাং ফেংবা চৎথিবশিং
কৈদৌঙৈনো হল্লক্কদবা ?
থাং ফেংবগী মহুৎ
থা খুদিংগী থারিবা থাংফেংমন্দুনা
নৈলথোকখ্রবরা ঙাওহুনা
উথোক্তুনা উবা
থেংনথোক্তুনা থেংনবা
ঙাইহাক্কী মায়া থরদা ?
মরেক মহাও যাওদ্রবা
পাঙ্গল থৌনা চম্লবা
মকোক মরু কেম্লবা মতমদা
কোহ্লিং কারবা থাংহু পুরহুনা
শিন্নরগদৌরিবরা
হায়বগদৌরিববা—
"ত্রথোযগী ইতৌ তমগনু ?"

ইম্ফাল
৫ | ৪ | ৮৭

# চায়নপুং

### নম্বর ৱান

লোয়রে নংনা পুন্নমক
নথক্কো কনা লৈত্রে
নংবু ফংনবা হোৎনবদনি ফৎনদ্রিবা
নংবু থিবদনি ফত্ত লৌশিং থোরক্লিবা
নংবু পাম্বদগীনি লম্বা থিরক্লিবা
হায়নরে নংবু হেক ফংবদা
যাম্লে পোকপগী মহৈ
পেল্লে শিন্নবম্ন।

### নম্বর টু

খঙনরবা মকোক্তো কাওথোক্লগা
তোইনা হংনৈ
কনানো নম্বর টুদু?
মতুং মবেং শিনগদবা
লাইবক ফবা নংনি
নং ওইনবা হোৎনবদা
অরোনবা অকোংবা লান কষা
তত্তনা থেংনবি
ওইনিংবা কোঙাইনি মথংথম্বা
চাওখিবনা নঙন্দো ঙমদবনি ওইবা লোযনমক।

## নম্বর থ্রি

তাইনৈ থবক থোরম থুদিংদা
লাইবক ঈরাইবক মরাইবক
লাইবক ফজুনা ওইথিবনি মকোক
লাইবক নৈতজুনা ওইদবনি মকোক
যাম্নদি ফবা য়াম্নদি খঙবা
ওইদবা লৈরি মকোক
লৈরি নম্বর থ্রিদা পত্তুনা।

## নম্বর ফোর

চংনবা থোং ফাওবা লোল্লবদা
খঙহৌদনা লিংশিল্লকই হেক্তা
নংসে ওস্থোক্লা ইকাযবা খংদে
নংনা লোইনা মাংতাবহন্দোরে।

## রিজার্ভ

রান টু থ্রি পুম্নমক শান্নরি
খা রাং মনিং মমাং কোইচেল চেল্লি
কনানা খঙগনি সোইরকপা ওল্লক্লবা
পুম্নমকী মচুৎ শিন্নবা নং হিংলি
নংদি ষাইষবগী মপুনি
মাইথিগদবা পুম্নত্তু কনগদবগী লেম্লি
নং লৈরুনদ্রবা করি কান্নকনি শিংনরুবগী?

ইম্ফাল
৬।৮।৮৭

শো চবুন

## তঙাইফদবা

নোংমগী থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক
লানবু লাল্লবসু চুম্বু চুম্লবসু
ইশিন খোংচিনহৌদ্রবদি
তুংদা লাক্কদবা অঙাংশিংনা
শোযদনা চৈগনি ঐখোযবু।
মখোযনা লাইরিক তম্বা হৌরকপদা
ইতিহাসকী বিষয য়াওবরোই
ঙসিগী মীওইনা থুং থাদ্রবদি।
মসিদনি তঙাইফদনা ইতিহাস ইদবা যাবক্লিবা
লাম্বা চুম্বা থিদনা।
নিংথৌগী মমাংদা ইতিহাস ইবশিংনা
নিংথিনা ফজনা কিনা ইবম্লবশিং
চুম্বা চুনদবা
চুম্লিবোই লাল্লিবোই মেন তাদনা
নিংথৌরেল কযাগী ৱাৰী তম্লি।
ফজনদি ইরমগনি
মরমদি শঙলিংবগা অঙাং ওম্বগা
নক্লে লাপ্পদে।
হৌখিবনা হৌখ্রে
তুংগীদমক ঙসিদি ইতিহাস ইদবা যাবক্লে
ফজবা ৱাহৈনা লৈশি লৈথোন্দুনা।
অফবা তমজনিংঙাই ওইবা অতুতং

লৌথক্তুনা ইববদি কনাবু
সোইদনা কৌনগনি লময়াম্বা
সোইদনা নপশিনগনি বীর
পেন্দ্রফুনা অথৌবা, সহিদ, ফাদর, মদর।
ইগাদৌরিবা থরসিফাও
তুংগী মীবোলনা লাল্লি হায়ফুনা
শেগাইবা ভম্বা করিগুম্বা
মথোয় পাপ পুগনি
মখুৎ কেৎগনি
লাইথুং পক্কনি।
শেগাইবগী মহুৎ পুকচেল শেংনা
ইতিহাসতা যাওরিবা মথোয় কয়াদা
হিংলিঙৈদা ভমদ্রম্ভু শিগ্গুকান্দা
য়ুনিভবসিটিগী কনভোকেসন অমদা
ওনোররী ডিগ্রি অমমম পীফুনা
ডোক্তর ওফ লত্তরস হায়গেরা
ওনোবিস কোসাব্ হায়গেবা
নত্রগা পবিথদ অমগী মীফমদরা
একাদেমী অমগী এবার্দ লাথোকপদরা
ফজগদবা চানদপবা য়েংফুনা
নিংথোল অমমমদি নপশিল্লকথম থোকপনি!

ইম্ফাল
২২।১০।৮৭

# হংলিবসে খুম্লকউদনা

ঙরাং ঙসি হয়েং
অঙাং নহা অহল
অমুক নুংথিল নুমিদাং
পোকপা হিংবা শিবা
মতং মতং মতং
মচেং মচেং মচেং
থিনরি মপুম অমগী
পেন্নাইদবা মীওইবনা
কাওনরি হৌখ্রবা
নিংশিংনদ্রিনেসে
হযেংলো তোরেল্লো চংকনৌরিদুবো ?
নুংগী যুগ, নিউক্লিযাবগী যুগ
পেল্লক্রুদুনা থিন্দোরক্লিনেসে
তমথিরবা মথুদোম্বীসে
নম্লুনবা স্বিটচ মচাসিদা
ওন্থোকইদা প্রলযগী যুগতো নথুদোম্বীদা লৈরবকো।
মীৎ উইশিন্দুনা ফিনা চেজেৎ কিশিল্লবফাওবদা
মাংদা লৈরিবা চযুদু থুগাইরফাওবদা
নমিৎ উই নমিৎ উই হাযবিবা নচিন
নমিৎ উইশিন্দুনা অমুক্তা খনদ্রিনে ?
পাম্বীদুই মখোং শোম্নবৈ লৈরিবা থাংদুনা

পাম্বীত্থু ককথংকে খল্লিবা কোক
কম্বিনো কদাইদনো
কদাইদনো লৈরিবসিবো?
উং পাং থোক থাক থম্মোযদ্রনা
কম্রি কর়া চিম্বান্দনা অমা
পাওতাক পীবা হৈবা লৈযেং
মথুংনা ছুরিবা মারিবা থিরিবা
স্নুমিং কয়ানিগীনো কৈদৌঙৈফাওবগীনো
তুংদা অশিবনা হংলিবসে খুল্লকউদনা।

ইম্ফাল
-৮।-২-৮৭

# মন্ত্রিগী গেট

ইশা শগল অনিখক লৈজবসি
ইনিং তম্না লেং ওৎপা ঙমজদবসিনি ব্রারিবা
কৈদৌঙৈনো খংদ্রি মেন তাদ্রি হায়বা ঙমদি
ঐবু লাম্থোক্তুনা চৎনবা ফিঙৌ ফৌরি
মপাল্লোমদা কৈথেলগুম্লি য়ৌ য়ৌ
থোংঙাকপনা কন্না শেন্নবি
ইশাশগন অনি তুনা পাইরি।
লাকস্নু লাকথ্র ব্রাংপা লৈতে
নোংমতা পোথাহন্দে মখোয়না ঐবু
কবিবু ঙম্বনো
কযামুক চাওবনো
ঐতদি মখংদে।
লাক্লিবা পুম্নমকস্নু খুচং মান্নদে
লাকপগা চংবা
ঙাইবগা চংবা
সুকচং চংহন্দবা
করিগীনো খংদে এদি খংদে
ঐনা উবদদি মখোয় পুম্নমক
মশিং খোং চপ মান্না পাল্লি
কদাইদা খেন্নবনো
কদাইদা মান্নদবনো

মত্থমদি ঐ তশেংনা খংদে
মত্তুগীদমক ঐ লাল্লে।
মুমিদাং ঙাইহাক পোথাম্লুনা
খংদববু খংননবা কোকসি চলাইগদবস্থু
ইলেকত্রিক বল্বকী মৈঙান্দুনা যাদে
অহিং তুমদবগী চোকথবা থাংনবা
থাবল ইপোম মরক্তা মালং ইচিক থেমগদবস্থু
বল্বকী মৈঙান্দা থাবলস্থু চংলক্কে
ইনাক্কুদা ঙান্দুনা লৈগদবগী শরুক
কৈথেল কুম্মকলিবী হনুবীশিংনা পাইরিবা পোদোনশিং
মুল্লুবা যাদ্রা
খংদেনে করিবু তৌম্বিবনো
ইনাক্কুদা শ্রু শ্রু
মীখুপমত্তা হেন্দোক্কবসিবু।

ইম্ফাল
১ | ৪ | ৮৮

## ঙাইবা

উইশিল্লগে ঐগী মিৎ
য়েংলরোই কনাদম্নু থল্লগে
লোত্তুনা অম্নুম নুমিৎ অমগীদমক
মেনশিল্লগে ঐগী নাকোং
তাররোই করিমত্তা লোৎলগে
লিক্লুনা অম্নুম মতম অমগীদমক।
খোজেংদগী ঙাংলিবা রাঙাং
লৈপুংদগী লৌরিবা রারেপ
থক খা নাইনদবগী অকাম্বা রাহৈ
তানবা নত্তে ঐগী নাকোং।
ফারাও য়াকাবুং কোযকঙৈ
মীপোৎনা মরল শাকঙৈ
মন্নুম মকৈ তুম্ন মুনবিথিক্লুনা মীত্তোপা
নুমিৎ অদো উপায় লৈত্ত
খোং থুৎ শং তিংথোক লম্বীগী চিন্দাইদা
তেংথা নাওইবক্লু
য়েংনবনি ঙসি মিৎ উইশিনগদৌরিবা।
"নুংশিরকইদা মতমদো"
তকশি শোয়ক্লু
তানবনি ঙসি নাকোং মেনশিনগদৌবিবা।

ইম্ফাল
১।৪।৮৮

# থাবুংতোন

থা থা থাবুংতোন
হৈবোং চরোং অমত্তা থাদবীরকউ
চাদবনা হা হা লাওবকা
ঙমদবনা তুরোই ঙায়োইনরবা
সুবদি লেপ্পবা নোঙদি তোক্কবা
চবাদি তোইনা হেল্লিবা
মখোয়গী য়াম্লুংদা তানবা
উপায় অমত্তদি তৌবিয়ু থাবুংতোন।
মথুংনা পোৎপু লাঙ্গোল পাযহুনা
নোংজু মুংশা থিদনা
লবুকথক্তা লৈওল্লিবা
ফোনাগী জগোয় ঙ্গেংহুনা
অরা মৈশা কাওনরিবা
মখোযগী ফোগৈনি হাংলিবা
মিরাং মকোন শাম্বিবা।
মুতি নুমিৎ থুদিংমী
হন্নুবা হন্নুবী অনিনা
ফোম্মু লংনরিবা
সুকী জগোয় শাবিনা
হৈথবীরক্লো চোইথোক্লবা চেংশিংদো
মশানা সুরগা মশানা চাত্রবা
মখোয়গী হাল চাকথাও যৌথিনবা।

ঈরাং পুম্বী মমা ওইবীশিং
সুমিদাং থাবলদা খোঙুম্না
তান্নাগুম্বী খোঙ্গেলবু ওমজনা
মচা ওইবশিংগী নিংঙাই খেমশিন্নরি—
"থা থা থাবুংতোন
নচা মোরাম্বী পোবীগে
পোবী শনম নম্বীগে
হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীরকউ।"

নংগী মচা মোরাম্বী
পীরক্কনু মখোয়দা
পোহন্নিংদে মচু ওম্বী নাহোংফিনা
মবুকখোঙ্কী মচাফাও মীরাইরবা
শাগী রাখল চেম্বা মখোয়দা
নংগী নচা মোরাম্বী
শিন্নবক্লবদি করিগুম্না
করি ওইগনি থাবুংতোন?

নৌরিবা মপাবী মমোমশিং
তিনজেল লাইচেল্লে
তিঙ্গং যাঙ্গংলে
মোৎপা যাবা মোৎলে
মকপা য়াবা মকলে
কৈদৌঙৈনো লাক্কদবা মখোয়না
নংগী নাক্তা হৈবোং হেক্লবা?
আশা উরিবরা মংবু থাবুংতোন?
উদদি উই হায়য়ুবা
মথু অনি থেংগাইননা চৎলিবসে।
চানিং থন্নিংবগী ঈখৌ লাংবদি উৎলি

মথুৎসিদি তুংবুম্নরি।
চাগদবগী ময়া লাওনা কাথোক্লিবা
মীয়েম মীথাক ওয়মক
পৃথিবী লুম্নবা লৈরিবশিং
হিংশি শিরবা তম্নলাইশিং
ওম্না হাংখ্রো নংনা থাবুংতোন
হৈবোংগী মহুৎ লিন হৈথবীরক্লো।
হৈচশ্রা মমানা শনক্রেম্মী মমাদা
লিন তুঙ্গোল হৈথখিবদি
পাপ লংজখিবনি
নংগীদি থাবুংতোন
পাপ ওইরোই পুন্থনি।
মতুঙ্কাবো ওনত্রবদি
কবি কান্নরি পৃথিবীদা নংনা
থা অমমম চুপ্পা কোইবীহুনা ওাকশেন্নগী?
নংসু শাওগনু থাবুংতোন
মহুম্মী মমল তাম্বা নত্তে
নংগী নতেং নিবনি
নংসু পৃথিবীগী অরাবা উরবা নত্রা?
হোংলকলিবা মতমগী য়াওনসিদা
করম্নো পৃথিবাগা তপথগদবা
সিদনি নংগী নতেং িবক্লিবা।

ইম্ফাল

১৯।৬।৮৮

## মীফম ফম্বা

পণ্ডিত ময়াম পুন্নি
পণ্ডিত অচৌবনা সভাপতি ওইরগা
পণ্ডিত মচা থন্নবা চান্নুং মহিমরাং
কোফি হৈমহি চান থরুবা থরা
হুমাং কাংবমথৈ সেবা তৌই।
লৈবাক্কী মীয়ামগী
হৌজিক্কী তুংগী
পুথোক পুথোক্নুনা থম্লে
পাণ্ডত অচৌবদা হঙংনা য়েত্তে
খুত্তা মথাংগৎলি
শেগ্রাক মপা মথৈ হুমাং চোৎনরকই।
রাবেপ ইরিবা নুপাদু মিং উইশিল্লি
ফজ ফজবা রাহৈ থি,
সার্টিফিকেট ইগদবা খুত্তুনা নান্না ইথোরকই
পণ্ডিত অচৌবনা হরাওনা শোই তৌই।

ইম্ফাল
৭।৮।৮৮

# তিন্নদবা

নংস্মু খল্লি
ঐস্মু খল্লি
মাস্মু খল্লি
মান্নদে অচ্চুনা
শান্তি লৈতে।
নংস্মু নোকই
ঐস্মু নোকই
মাস্মু নোকই
খৈন্নে অচ্চুনা
অচুম্বা লৈতে।
নংস্মু কপ্পী
ঐস্মু কপ্পী
মাস্মু কপ্পী
লোংনৈ অচ্চুনা
পুনশিনবা থাদে।

ইম্ফাল
২৫ | ৮ | ৮৮

# গেট টুগেদর

কুম অমদা পুল্লপ পাস তৌমিন্নখিবশিং
মানা ডাক্তর
মানা ওফিসার
মানা ইঞ্জিনিয়ার
মানা পুলিস
মানা ওজা
মানা অহু
মানা অদা
মানা লাক্লিবদি কন্নিগী ?

ইম্ফাল
২৫ | ৮ | ৮৮

# থাগৎ ব্রাহৈ

নংনা এব্রার্দ অমা ফংবদা
মানা ফোংলিবা হয়াওবা
ঐনা মায়খিবা অমদা
নংনা কপ্লিবা
থৌনা হাপ্লিবনি
ব্রাংনা থাংগৎলিবনি।
এব্রার্দকী মপান্না
মথোই কারবা হেন্না
লুপথরবঁনি নমথিরবা কোমদা
য়াল্লবনি শিংজংনা চবক চবক
নকোক্তা নংদি খণ্ডদনা।

ইম্ফাল
৩০ | ৮ | ৮৮

## ঐনা কিরিবসি ঐনি

হায়নিংবা মখৈ হাযসনু
নোক্লগে হাযবা নোক্লসনু
ঐ করিমত্তা কিদে
ঐ করিমত্তা নাচুংদে
ঐনা কি ঐবু
ঐ খঙখিনিকো হাযবসিদা
ঐ কিচ্চুনা অরাম্বা অমত্তা তৌদে
ঐনা কিরিবসি ঐনি।

ইম্ফাল
৩০ | ৮ | ৮৮

# নুং য়ুংলবদি লেপ্তে

নোংথাং চান্নবা নুংসিদা ইরি
ফাওন্দেসন স্তোন লেদ বাই
শ্রী সিং
সুপ্লাই মিনিষ্টর ওফ পিপল
দেটেদ দোং দোং।

করি শাগাদৌরিবনো থংত্রি
হোসপীটাল, সুপর মার্কেট, ম্যুজিয়ম, স্তেদিযম
হৌজিক ওইরিবা মিনিষ্টরনদি সুপর মার্কেটকীনি হায়রি
মথংগী সরকারনা অমুক মিনি স্তেদিয়ম ওইহন্বা যারি।

ফনা য়াম্লে অচিকপা লমহাংসিদা
অসিগুম্বা নুং য়ুংখিবা
নুং ময়ামসি উরগা নিংশিংলকই
সিভিল সিমিত্রি
নত্রগা রার সিমিত্রি।

লোম্না খংনরি নুং ময়াম কনানদি খঙদনা
মফমসি ঐগীনি ঐগীনি হায়তুনা।
নোংমা দেলি লোকেল পেপর অমদা ফোংলকই
লৈকায়গী শঙ্গাবুংনি কনগদবনি
য়েংনবা হৌরকই স্ত্রাইক চংশিল্লকই।
মতু শাহৌসি কান্নগনি
মতুনা ফৈ মতু শাহনসি

শাহল্লিংবা শাহজিংদবা অনি থোরকই
মুংশিনা লৈমিন্নরম্বা লৈকায়সিদা
থৎনরকই লাওনরকই হাত্তোক্লরকই
অহুবু মুং মুংলবদি লেপ্তে।

ইম্ফাল
১৩। ৯। ৮৮

# মুর্ত্তি শাবা

করিগীনো নখুৎ অহুক চেৎত্রিবা
করিগী নথোদা পুক্নিং চংদ্রিবা
হায়ম্মুদনা নংগী পেন্দবহু মুর্ত্তি শাবা।
করি থোক্লে হৌজিক্তি
নত্রা পুম্নমক চেকশিন্দবদগী নংনা
শাবা লোইবদা ঙাইরিবা মুর্ত্তিনা
মতমগী তুংশিংনা খজিক য়েবদা
মচেৎ-মচেৎ,
পাম্লিবহু করিনো
তাল্লিবা দাবীনা কনাদা
সুকহায হায়দনা করম খঙগনি?
হৈরে খঙলে লৈজরিব মীওইবনা
মচেৎ খরা শমজিল্লগা
নংনা ফোংদোকনিংলিবসি অসিনি হেক্তা মহায়,
নোংমা খরনা অমুক লাক্লগা
নংনা হায়নিংলিবসিদি অসিনি,
নোংমনা খরা লাকুনা থিজিল্লগা
নংনা তমনিংলিবসিদি অশিথক্কনি,
চুম্বু চুম্বুনে য়াবু য়ানিংব্রনে?
নংগী মুর্ত্তিসে কাযরবা
উইহল্লে কাংবু খরনা শা ওইনা
ঙলহল্লে কাংলুপ খরনা নিংথৌ

ওইহল্লে কাংলুপ খয়নমুক খোজাল হৈবা।
চপচাবা অমদি লৈরমগনি
ওইহন্নিংবা অমদি লোৎলমগনি
ফোংলো নংগী কেন্থু
লৈবস্থু তুমিন খঙশিন্নদনা।
চুম্মি লাল্লি খঙদনা
নৈনরগা নংগী মুত্তিদা মতম খরা
ওইনখ্রে পণ্ডিত অচোৌবা
শকখঙখ্রে লাইপোক ওইনা
নংবু অসুম য়ারদরা?
ওল্ল তৈনরবস্থু নংনা খনখিরন্থু
হায়গাদৌরববা ওসিদি অচুম্বনি
লেপ্লিবসে পণ্ডিৎ শাবশিংনা?

ইম্ফাল
১৭।১২.৮৮

## খন্নরিবা

লৈগীদমক লেপকদৌরিবা
কয়ামুক সুংশিবা লৈনম্না সুংশিবা
কয়ামুক ফজবা লৈশক্না ফজবা?
ফজবা লৈদমক হেক্তদবগী ঙাইবা
কদাইদা অরাংপা লৈবদি উদবা
লৈনম্ম খঙবা ফজত্রবদি চন্নদনহু
ঙঙাইফদনা য়েকশন্বা
থওইনা ফি মচেৎকা তিন্নবা।
লৈগী ফজবা নত্রগা সুংশিবা লৈনম
মচুত্তং উবা
লৈ ওইরক্রবা লৈপাক লৈহাউদি খন্নীদবা
পামজন্নিবা হেক্লিংলিবশিংনা
লৈনম্ম শাংকদবগীতা খন্না।

ইম্ফাল
২৫ | ১২ | ৮৮

# চহী হৌবা নুমিৎ

চোইথোক্লবা তৌদনা
পুন্সিন্দুনা মশেন
য়ুঙাং য়ুঙৌ
কোকতেল পার্টি
শেংফাত্তবা লৈয়েংনা
রেষ্টন ম্যাজিক
তপ্লম্লদগী অন্থুম অস্থুম
অকঙ্বা মুভমেন্ট
চপমান্নবা থুবাক মখোল
হৈজ হৈজবা আর্ট এক্তিং
থুকহৈ হৈক্রবস্থু
ফার্ষ্ট এন্দ লাষ্ট রাউন্দ
খুজি মখোলগুম থুমহৎপা
চিযান্নসকী খোঞ্জেল
অনৌবা চহী নংদি ফংবনি
য়ু খরুংদা লুপশিন্নবা
অদু ওইরবদি অনৌবা চহী
ফনা য়াম্না শিন্দোক্লগনি হয়েংগী চাকথাও
ফনা য়াম্না কামথৎনগনি মমায়
ফনা য়াম্না চৎখিনি লাইরৈবাক্তা
নংগী থা তরানিথোইসিগী মনুংদা।
চহী চুপ্পা লিংজেল মান্নবা

হায়ক্সিমথৈ য়াবদা
লেপ্পব্রিমথৈ পাংথোকপদা
মোরেল শোকপা শোক্তবা
ইজ্জৎ সনমান কব্রি লৈ
অনৌবা চহীবু ওকচবদা।
অব্রিবা চহীনা পীরম্বা চৈনা
পুন্সিগী লৈনারক্তা চংলকই
কংশিল্লকই তিল চংবা পাম্বীগুম
ওকথিবা অনৌবা চহী কয়া কয়ানা
নেৎখাইরকই ঐখোয়গী ঈথক্তা
থাংবা ওদমত্থুনা
উপ্রাক শিত্তুনা চংলি
নংনা হন্না য়েংলমদনা
ঐখোয়বু করেম কথাইনত্থুনা চংখি
নংনা থৌনা ফনা শিংনব্রিবন্থ
মায়োক্কবা তম্বশিং
ময়াই কাব্রবা নিশাগী ঈপাক্তা ইরোইক্নি
হৌগৎপা ওমদত্থুনা
মমায়না শিত্তুনা থরোইগুম
নংগী ইরোম্মুংদা লুপথখ্রি।

ইম্ফাল
১।১ ৮৯

# মপুং ফাদবা শৈরেং

(থিয়েটরগী শক্লাইরবা ৺পুখ্রম্বা শাম্মু নিংশিংলুবদা)

নংনা ওন্তা নংহৌররোই মতাঙ্গম
কনানম্মু কল্লক্রবা লম্বীহুদা
হেক পুথিদা।
বিজ্ঞাম্না লখা চাওখংলবম্মু
নংবুদি মাইথিবা পীওমখ্রি
কৈদৌবগে নংবো
বিজ্ঞাম্না অমুক্তদি ওমহল্লুগবা?
রাইথুমিং থোকপমখৈ হোগাইহ্নুনা নোংকমদৈ
চিংথোকনিংই মাবু
লোইশিল্লমদনা চংথিবা মাগী পামজরম্বা
মপুং ফানা অমুক্তদি পাংথোকহল্লিংই।
নুংশি হৈতবা নংনি
মপুং ফাত্রিরৈও পুখ্রবনিনা মাবু
নঙোন্দা কংলি মপুং ফাদবা শৈরেং।

ইম্ফাল
১।২।৮৯

# শো চবুন

ঙসিদি ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎপা ভাই
লৌদবা ভাৱগদি
ঐনা লৌগনি অম্নুম্না
নংসে মীচং মীথায় নাই।

নখুত্তা শো চবুন অমা পায়শিল্লগা
চপ মান্নবস্থ শিজিন্নদে
খৱনা ভুমশিল্লে শিজিন্নমন্দুনা
খৱনা কোঙ্গিং কায়ে পায়বিদবনা।

ঐখোয় লোয়না য়াই
য়াদবা অমত্তা লৈতে
ঐখোয়সে নংনা শেম্বনি
অহুনবু কোরিবনি মপু।

নংনা শেম্মবনিনা
য়েংউ সিনি চপ মান্নবা
খঙহল্লু হাযবনি
অমনা অমগী মমল
অহুদি নত্তে
ঙসি ওইরিবসিদি।

ইম্ফাল
১৩ | ৩ | ৮৯

## খুন্দিম্নবা

লৈতাকম খঙদবা থম্মোয ঙাক্তনি
হুংশুক মুংজাননা চপ চপ লেপ্লিবা
য়া অমফাও মরিকচুম্না ফোংঙমদ্রে।
য়োম্লৌঙেদগী হেনিন কান্নিন্নরকপা
মখোয়গী মরক্তা ঙসিদি
মনিংতম্না হৌবি
লৈজবা লেশক লৈচুদা লৈশাংলি
মপান্দগী পুবকপা বিলাইতি লৈ
নিংথিনা ঙাক শেন্বারি মাবু
মপু ইবুংঙোতুনা মনাই মশন থমতুনা।
অতবনা শক্ক শোন্নরি
মতৌতবু তম্নবি
মাতবু তান্নরি।
হান্নদগী লৈজক্লবা লৈবাংশিং
কপ্লি মুংহিকনা
লাক্লি য়াহং চাম্ম চাম্ম
হিংবগী
খুন্দিম্নরি
লোনবা অনৌবা খোংথাং তমা।

ইম্ফাল
২০।৬।৮৯

# মীখুংশং

১

থুংলখি চবুন চবুন পাথোরকখি ঈশিং ঈচাওগুম
ইতোং তোংশিন্নে ইতিন তিনশিন্নে ওইখি অমত্তা
য়েম্লিংথাদা লৈশাং তম্মিন্নখিবা নম্বরকই পোংলুম
নাকেম্থাগী কল্লবা শহুম্না চোইজাইনহম্বা মিকুপ্তা।

২

সমুক্তগী কল্লবা ঈথক ঈপোম্না চিংথখ্রি ইরোম্নুংদা
ম্লাবী লিশিং লিশিং পুথুনা চংখ্রিবা তুরেলশিং
অচৌবা যোংচাবীনা ফাত্থনা থমখ্রবস্থু ঘরি কাটাদা
অওম্বা মহৌশাগী খোঙচংনা পিরকই তপ্না অহোংবশিং।

৩

পম্থুংফম য়োনা খোংশাল্লিবা লেংলি পাল্লি খুদিংমক
তোংলি কৃক কৃক ইন্ননা অশাংবা রেল গাড়িদা
মালং ফৌরোই তুংইন্না পাইখ্রি লৈচিল অতিযাথক
অনেম্বা চীংজাওনা ম্লারোহৌরি থংচবা ঙমদবদা।

৪

পুন্না চাকাগিন্নে অচৌবা পাংসিদা থাবুম খরদং
হন্নখি অমুক লোয়রহুনা মাগী মাগী মতম
পাইরকই ওল্লকপা চহীদা উন্নরুরনি থন মাদং
য়াওরক্কবনা মাদি মপুং ফাক্রে অহাম্ব। উনবগী মুংঙাইবা পুংফম

ইম্ফাল
২০।৬।৮৯

## মাগ্নাই কাহল্লে

ময়াই কাহল্লে
মথোই হাপচিল্লে
মুংঙাইথোকপদা খল্লরে
নংসে হাযল্লপ শাথিবজাংনি।
ঙসি শিনিম্লু পাওতাক্তে
হয়েং শিনিম্লু পাওজেন্দে
শিদৌ লৈর পুন্সিনি
হিংলিঙৈ মীকুপ খরসিদা
অহাওবতা চা
থকনিংবতা থক
কোয়নিংবতা কোয
চৎনিংবতা চৎ
যেংনিবতা যেং
হেন্না শাথিহল্লে মী মরকসিদা
হেন্না তমথিহল্লে লম্বী সরক্তা।

ইম্ফাল
৫ | ৭ | ৮৯

# লিংজেল

নংনা ঙম্লবসিমক্কদা
শোল্লবা ঐঙোন্দা
খোরবা নচি অনিদ্বুনা
হঙ্গিন হঙ্গিন ৱাইবিরিবা
উপায় লৈত্রদ্বুনা ঐনা মো খোংলবা
চেন্বস্থ যাদ্রবা মপুনা চেৎনা পুনবাৱবা থৌরিনা
যেংবা নুংঙাইত্রবা কনানা তাঙ্খোক্লফাও নংবু
মংনা ঙমদ্বুনা ঐ তম্না চোংশিল্লক্লিবা
নংবু কল্লি হায়খিগন্ত্রা ?

ইম্ফাল
২৪ | ৮ ৮৯

# বরাক তুরেল

ঈথক ঈপোম্না রা রা
হন্নাও মথোই কারকুনা
নংনা চেল্লি
লাম্থোক্লগা মথং মথং
চীংশাং অমদগী চীংশাং অমা।
নথোংদা কোল্লকুনা
লাইওইরবা উজাও
লেংগুম শাগুমদ্রবা চীংজাও নাপোম
খাম্লি নংবু চৎখিদনবা।
নংনদি থাদোক্লকুনা
অপীকপা রাখল
ফন্দোরক্লগা নশা শগন অনি
হায়না হুন্না চৎখ্রি।
মণিপুরগী গুমথৈ হেক লাম্থোকখিবগা
নংনা তুমিন কিথিক কিরুম
খোঞ্চেন অমত্তা থোক্ত
ঈথক ঈপোম ফাওবা
ননিং তৌনা হৌবা গুমজদ
কদাইদা চৎলিবা সুংশুক্লনা?
ননঙ্গন্দা চাওরক্লবা হুমশিং
নথাঙ্গুংদা কোল্লিবা ভাজাওশিং
তোর্ব্বান্দা লেপ্লিবা খাংপোক পরেং পরেং

চরি তংল অঙাংশিংগী মীকপ খোজেল
নিংঙাই থেম্বদা চোকথরবা মমা ওইবীশিং
লেবাদা শেগাইয়বা কোনা হুমাই
লৈহাও চুপ্পুনা চায়াম পোকপী কা পাম্বী
রেল তালিগা কাংখোংপা তক্লবগী অয়ো খোজেল
ঊদনা কনামত্তা তাদনা করিমত্তা
শাত্নুনা ইকায়থিবা
চংলিবরা ঈপাক তম্মা ?
অঙাং শঙ্গু শঙ্গুনা
চেগী হিনাও শাত্নুনা তাওথহল্লি ঈশিংদা
ঈচেল লৈতবা ঈপাক্তসু
ঈশিং খুজোক খুজোক চাইশিন্দুনা চেলহল্লি
পুন্সি করিনো থংজিন্দৈ অঙাংনা
য়া য়া লাংবতা হৈ
নংসু হৌরকদৈদা
লাকখিবদো হরাও মথোই কারছুনা
গুসি থেংনররবদা অওম্বা
হেক্তা ওন্দুনা পুক্লিং
লাংশিল্লবরা মায়থোং ?
চেগী হিনাওদো
ওনখিবতনি উগী
লাকখিবতনি থাবক
নংগা তিম্মনা পুম্মমক লুপথিনি
নংগা তিম্মনা লোয়নমক মাংখিনি
নংনা যৌরবদা ঈপাক।

শিলচর
১০ | ৯ ৮৯

# মরাল

মীওইবা কৌবা মথোং অনি পাম্বা
মীনুংশি খংবা শাৰা শাদি
চিন্নাম্না ঙৌরগা
থম্মোযদনা মুন্নিৰনি।
কয়ামুক ঙৌবা
কযামুক মুবা
ওন্নবা খুৎলাই লৈত্রবসু
ইতিহাসনদি ওন্নি।
হৌজিক্তা ঙাংবা য়াম্নু
খুদক্তা ঙাংদে হায়ত্নুনা চেল্লি
শো হাংলবা হেন্দ-কফতু কিত্নুনা চেনখি
লোম্হোক্রুবা অমগী খুদাংদা লোৎলম্মী
অউবশিংনা মাবু নেৎখাইবী
মাগী মরালতবু ইবদা
চেনা লিশিং লিশিংক্তাও কোম্নদে।

ইম্ফাল
৩১ | ১০ | ৮৯

# ফৌগারকপদা

অহিংসে শাংখ্রবা নিংথমথাগী
তপ্পা তপ্পা নাম্থোকখি ইথাঙুংদগী।
পিক্লবা ঐগী খুঙংগী লম্বীসে
উফুল রাইফুলতনা হৌজবনি ব্রং ব্রং
মশা খিংলি তাকচবনি
সুংথিলগী মতম খুদিংমক,
শান্নরুবগী চেন চোংহুনা
রারমাঙ্গে পোথাজরি তুমিন
তাইবংনা তুমথুন্নরিবা অহিংসিদা।
নাক য়েত্তা হৌরিবা উপাল
খাংলি চৈনা নিংথম উলেনগী,
শান্নজবনি হায় হুমহুনা
চিল্লোক্লজবনি অমগা অমগা
পুথোক্লহুনা থম্মোয়গী রা
সুমিদাংরাইরমগী মতম খুদিংমক।
নোমহৌ নোমহৌ চৎলি যনগাড়ি
তুংইন্নহুনা ক্রক ক্রক খোঙ্গেলগা
তক্লবগী কাংখোংগা লম্বীগা
কোয়হায় হায়রিবা লার্ন্টর্নদগী
থোরকপা অচায়বা মঙান
তিনশিনজখি সুমিৎকী মঙান্দা।

অহিংগী অমম্বু তাম্থোক্লুনা
মঙালগা লোয়ননা লাক্লবা অয়ুক্না
অমুকস্তু লোৎচরি লৈচিল্লক্তা।
তাম্না উরিবা যাঙ্গংলবী তুরেল,
খুমজিন্দুনা থম্বীবি লৈচিল মপৈনা
কনাদস্তু হায়নিংদে তমনিংদে
লোৎলিবা রারী তুরেলসিদা।
নোংমা তুরেল ওইরম্বদনি
ঙসিদি লোখোং মচা ওল্লবনি
হয়েংদি লম্বী সবক ওল্লগনি।
লেপ্তুনা থাংবা খোংথাংনা গাডিষনগী
যোশিল্লকই সহরগী মীনিল্লক্তা
উরকই রাং চাওরবা দলান
নাক যেন্তনা পাখি কোমথি।
লোপুগী সুমাং চপ চানা লেপথি
তোইনা চৎলবা ঐগী গাডিষন্না,
লোপুগী ঈবেম্মা ব্যবহাব ফবাহু থোরকই
আমংবা অথোৎপা রাহৈনা
থোদারকই ঐঙোন্দা নোং হাদনা।
চিম্বান্দা ঙংলম্বা থুমুং ঈশৈ
লোৎথি ইকাযজহুনা তুমিন
পাংথবকপা অবাংবা ঈশৈশিংহুদা
অরাংবা দলানদগী।
অহাংবা বোরাশিংহু তনথুপ থুপচিল্লগা
লোপুগী ইবেম্মনা পিবকপা বিবিহু চিংলগা
তামংৌবব ঐগী গুঙ্গংগীদমক
ষংগাডি থোদোরকই।

ইম্ফাল
৩০ | ১১ | ৮৯

# শাংকায়রকপদা

উরকই লৈশক লৈচু মথং মথং
শাংকায়রকপদা হেক লৈরাংনা,
য়েল্লকই নুংশিবা লৈনম
তাকলকই লৈরাংগী লৈশাংফম,
লৈচু থিবী লৈনম চেন্দবী লৈরাংশিং
শাংকায়রকপা মীকুপ্পা ইরোইনরকই পি,
লৈশক হেন্বী লৈনম চাওবী লৈরাংশিং
শাংকায়রকপদা তারকই রাথোক লান্থোক।
হেক তাখিবদা য়ু লিক্লা অমত্তং
ভমজত্রবা ভাংজবা শুপাইনা কনাদা
হাযদোরকই দোং দোং অরৎপা লৈতনা
থমহৌদে খাকহৌদে অরোম্বা অথুপ্পা।
হোৎনজবা তৌজকবা থবক থৌরমদা
মমি শামি নাকোয়ননা হকথেংননা
পিনরকপদা থাগৎ রাহৈ
নাপলগী জগোই শারকই
মা মণ্ডাইরে খঞ্জরকই
ফান্দারকই মশা শগন অনি
পাইগদবগী মথক্তা পুন্নমকী।
তৌজরিবা মতৌত্নদা নুংশিনা কৌবী মাবু

মী মচা

সমাজনা লেপ্পগা হক্কদবা সনাগী তকমান্দু
মঙোন্দা হকপীম্লু হায়ছনা শিখাং খাংনা
থিংজিল্লকই মকোক।

ইম্ফাল
১।১২।৮৯

# মাগী শৈরেং

মহাক মমিং উদে মরোল থোক্তে
মহাক মশক ফজৈ
অশাংবা মশন্না লেংজুম পক্না য়ৈ।
মহাক্না যেংজনবা মিংশেল অমত্তা লৈরমদবসিদা
মহাক কপ্পি পেন্না,
ব্রাহৈ লিশিং লিশিং পুহুনা থোরকপা
মাগী পীরাং
নিংথিনা লেংশিন্দুনা শৈরেং অমা ওইহন্বা
ঙমদবসিনি অউবশিংগী ঙাশোম্বা।
শৈরেং হায়বসিদি মচিন তুম্মি
থেংবগা চৈনা ফাওই
মাগী শৈরেংনা শৈরেংদা ওন্থোকপীবা
ঙনদবসিনি মাগী অরাবা।

ইম্ফাল
২ | ১২ | ৮৯

